# প্রাচা মাতে



কালিমাই মমাংদা

নাইবক কংপগু য়াওই কন্তবগু য়াওই

# পাচা

কালিমাই মমাংদা

াইবক কংগস্থু ঝাওই কত্তবস্থু ঝাওই

( ১৯৮৩-৮৪ )



দি পাস পাব্লীকেসন ইম্ফাল. ( ১৯৯১ )

অহানবা কোৎবা ১৯৯১
লাইরিক মশীং ।—১১০০
মমল — Rs 22 P 00
মখুম : চিত্রেশ্বর শর্মা।
মখুম শাবা — মশা
কোৎবা : এল ইবুঙোমচা মীতৈ
প ব্রীম্বি মে'নকম, ইম্ফাল।
দি প'স পাব্লিকেশন
সেগা লম্পী,
ইম্ফাল — ৭৯৫০০৫

উন্নমণ — অহনবী হক পুন্নুন লেরিক
মচা ইবুঙোমচা মীতৈ ( ১৯৯১ )

---

লাইরিক অসি ইউনিক ইলেক্ট্রন প্রিন্টিং (লমাই ১ দগী ৬৩ ফাওনা) অমদি দি ইষ্টর্ন ইন্দিয়া স্টেশনর অফসেট এন্দ লেটর প্রিন্টিং প্রেস, কৈশামথোং (লমাই ৬১ দগী ৮৮ ফাওবা) ইম্ফালদা নমথুনা অইবগী মীরোই হুমী'গী পুখোকপা সংখ্যা ফেব্রুয়ারী তাং ৭ ১৯৯১ দগী নমহল্লা। ফোংদোকচব।

# কচ্চবা

কংচনীংবদী কোঙ্গ'ই, কোঙ্গাইনি
থনজগদবা মীশক অমত্ন্ ' তাঙাঙ তাঙাঙ।
তশেঙন তাঙাঙ, 'শতে ঐগী থাজথে ইবা,
থাক্ষ থে, ইবা থম্মোইনুঙগী,
অহুনা, কচ্চমে নথুয়া —,
পাম্বীরা পাম্বীদব থিদ— ,
নোঙ্গা-মাকুমথ্রবা, শৈলাকী লুচিংবা
নশক' সিনি শকনাইদবা
নঙালন ব দোংবা
( হিজম ইপাবোশ মেম্বর )
নহাকী পোলোই খুযা দাদা

নপাচা--
এল পাচা মীতৈ
১৯৮৩—১৯৮৭
ইম্ফাল।

# কালিমাই মমাংদা

## লাইবক কংগম্ম য়াওই কন্তবম্ম য়াওই

( মপু কানা খুংই-খুংথাবমজবা অহৈবগী অরোইবা খুদোল )

থাবল চনবম্ অমগা অহিং ওইরবম্ মাগী অহ্নগা ঐগী অচেৎপা ব্যাথীদি থক লোইবা নৈথিবা নংতে।

মসিম্ নোকনিংবা রানি। মরমদি মখোয়না মশাম থাকপা, হাপ্কী ইনবা, অচৌবা মতোর গাড্ডি তোঙবা নহংবোল করা অমনা কম কম থোক্না চংখরে, কালিমাই মমাংদা অকিবা উংলক্না লাইবক কংলী, কংলী অহ্নগা শীংজমৈদগী ভারীম্ম ললোনবা হন্নবক্লগী ইমাংমক্তদা লাইবক কন্তনা চংখি। থাজবগী রাকমদা যাম্না নৈথরে।

শিবা পামদে শিবা হায়বসি মীওইবগীদী অরোইবা উমথৈনি শিবগী মহুৎ থোং খুৎ ডম্ম তেক্কগে। শিনা-দবা নত্তে। মীওইবনা মীওইববু থাদোকচনী-দবনী। খশোয় খশোয় তিয়মনী। মীওইবগী মওং মতৌদি যাম্না ছু-শি। মীওইবগী থৌনা কবিস্ন নৈজনবনী। অহ্নবু অশিবগী থম্নাও হেক হেক ভাবিবগীনী। মীং তাংনা হিংবদি পামদে। মীং তাংবা হাইবদি অমম্বনী। যাম্না ওথোবা মথমচং নাইদে, অমম্বা হায়বসি লা-জবগী মমকী।

নোবাপ মশাকসে কনম্ম কজে। মনমম্ হুক্তশি। অহ্নবু নৈনিদি হায়নদে। অহুম্বগী রাকমদা চুমই হাইব নস্তনা কবিনো মথা ভারগদবা। অরাবা মতৌদ্ উটে হুপামচা থোক্না ঈথাত্নদা চেঞ্জেং, চেঞ্জেং চেংনা-চেংনা কোনবগী তোকখিবা নত্তে। ঐগী খুৎকোন খুৎকোন খুদিং রাঙাঙ ঙমজদবীনা হাইঙমদনা হাইখিবনি "ঐবু থাদোক্লম্ববা নংবু।" অহ্নবু মতমসি চাখিবরা? নৈনা শাংগী অহ্নগা থোইমুনা পাইবকপগী।

"মীওইবগী থজবগা রাখলগী শত্তম ভাইখলো মমী লাম্মী, রাখলদা মীওইবনা হুডাইযবা পুক্তিগী মেক্তব ওই।"

"ভাইখোবা নবু অমুত্তা—।"
'কৰি না?"

হন্তবতনি। মসি কালিনয়মদাইগী বানি। অহনা (মারী নতাং সিংগী) ঐন থাপ্পবা হায়বত্ব খমখিনবনী মীওইবগী পুন্সিগী মমদা।

ঐন ভাং। মহাকপু য়েডই। হন্তই —,
"করি না?"
"ঐহাক চংলগে" মহাক্না থম্বাল পী ঐভোন্দা "সি লৌ।'
'ঐহাক যুম পানগদৌরে।' মখাস্থ ভান হাই।
(হা—' হা—' হা—' হা—')

হা—' হা—' হাইবসীদী নোকপনী। নোকপবু হেক য়াববা?
খম্মোইগী বানি। ঐন ফমলিবনি হোটেলনি। অহুগা না ফমদী।
মসিদন তেক নোকপা য়াবরা?

অসুমা নোক্নীংভ অহুগা নোকপন্থ য়াদে।
'চা" চা পুরক-।

অসুম্ব হৈদবাক মচা তরাসিনী ঐন উনীংবা। ঐন ফবলিবসি কাল্লিমাইগী হোটেলদনী। চা পুরকএ।

ঐনা ডাইনীবসি কন্না-না মরুওই (মাগী চাদী তোকউ) ঐগী মরুপসি কয়াম কুইন হৈলবকনি মহাক্কী ওফিসতা? অহুবু খ'দ' ডাইদনা চংপা? মহুত্থ থাই অহুব, ডাংগদবদী মহাকনী (হ্মপীমচা 'ছুব্নি) মহাক লাকনী লখীসিদা।

মী কয়া কয়া চংলি ঐন খংবা কথা য়াওথয়ে মশম থাকপা, হাওফী ইনবা অচৌবা মোটোর গাড়ি তোওবা নহালোল কয়া অমা কম কম থোহনা চংখরে।

## কালিমাই মমাংদা লাইবক কংপন্থ মাওই কত্থবন্থ মাওই

( হা—' হা—' হা—')

মসিন্থ নোঙ্গাবগী রানী। মমনদি মখোয়না কালিমাই মমাংদ অকিবা উংলক্লনা লাইবক কংলী, কংলী। অদুগা কৈননো বান্থ কন মাঙন পোখি। মহুবু এৗন খংহৈবরা' অদুগা শিংজৈমদগী ভাবীদ্দ লকোনবা হৃদবত্নদী ইমাংমক্কদা লাইবক কত্তনা লাইবক কংপন্থ তোক হন্থ কাএব মীত্তারনদনা চংখি। থাজবগী রাক্তমদা মাম্না লৈখরে।

এৗন ভাইরিবসি কদা না মুই? এৗন ফমলীবসি কনিগীনো? ( মসিন্থ ঈশা ঈতোমত হংজগদবনী ) অকবদী লৈ। মতাক্কী। মহাক হেক লাকপগা, ইমাংদা থুংশবগা এৗন হায়গদবসি কহিনো? কন্নি হায়গনি? কনিবু হত্তগনি?

"মনিপুরসিবু কনদোহিবগে।"

"হুপীশিংনা কমদোবিবা, অদুগা হুপাশিংনা কনদোহিবা।"

"লদি শাংলীবরা?"

"নিংথৌ পাক্রেকো?"

"মচা ঈবুংঙোশিংদি লৈদ্রিদনা?"

( হা—' হা—' হা—')

মসিন্থ নোঙ্গীংবা রানী' অত্তবু বোকপদি মাদে। নোঙ্ক নোক্তনা এৗনাক্ক মহাকপু ভাইব তাই। মহাক লাকনী অংগা এৗনা অশোকপা থম্মোইসি উংলক্লনা হংগনী, কহিগিনো এৗবু কৌবা? মদুদা মহাক্কা কম্বিবু থুম্বা ভনগনি? কন্নিত্ত ভমজোই। ঈকং থাদা তুরেল ঈচেল কেম্বরীদুগী শক্তমবু হৃগংদীবক্তনী অদুগা থাবল

খোকপদা কনানম্ থেংনা পাঙিম্না লাইবক থীবা অতিথাগী শক্তম্ ওইহনবতনী।

মহাক্না কপ্পি হায়নী ?

"ঐবু পোক্লিনবা ঙমগোইদ্রা ?"

( হা—' হা—' হা—। )

মসিগী মোংবা রাকি' অদুগা নোকপদি হায়রে। মরমদি মকথনি খোংচৎনি। মীথাম চিংকনি।

অদুবু ঐনা খুমগনি—,

"ঐহাক নংগীনি। অদুবু ওইবদি হায়রে।'

চা অসিগী রাত্রিদা অথাইবনি কথম্ব লৈতে। ঈ বনা থকপা ম'হুবদা, নাপান্দ অনা' চেক কৌনা থাই সুক্নিদি কনগী চা থক্রবানা' তংখনিদ্রি। ঐ চা কৌন থাই। চোংথনা মপুনা অথান অতগা অতৈনশিনা শাগদনশ হু নহাক মহাকী খোকপা থম্লংসদ্ব। মতুদা কবি কায় —, চংক খঙ্ফম লোকই।

মখাম নিংজেন চপ মানবা হৌন তৌবি। 'সিকাই হাম্বসিংকুবু মুংশি। মখোয়দি লিংজেন মাইস। মু শিংনৈ' চামীস্প' অদুন বননি অদুবু হনক মরক্তি তাইবংগী লৈরেককতা মীরোল অনাদনী ঐহাক ইশাগী হাকম অসি মানি দবা হেক-হেক পোকলকক। মসিগী মমম লৈ, মচান নোংমা অমা, মকাক থোংবা সিকাই অচৌবম্ মথাখোতরা শিকাই নহাক্না মথুংকী নোংইমক্না কাপতুনা হাংখায়। হাংক্রবনি। পাওগী চেকাংশি দা লিংজেন মামন,

অদুগা মখোয়গী খোং-খুং, চিন, লৈ অহিংতা নত্তনা হিংবগী রাখল কাওবা লৈহৌনখিদ্রবনী। নোঙজ্ অদুগা মায়ওকনবথনী। মতুংদা মতুংদা ইচাগী মনাগী সনাহু কাথবগা চেং রাম্নগা ঐখোয় ঙাক অরাং অপা হাবব মমুক লৈত্রবা যাইকধা মীশক ডাক্তা ওইনরক্নো লেনখিবনে। অদুদা ঐগী মুপীনা হায়বনী অমা সনা মানবেসি' নত্তবগদবু হায়গদ্রা? কখিগী, হাপ্তনী। মনাদা নত্তে মগাক্না খুম্নাক ওয়মদই পুশগংবা মুমীত উনগদবা নন্দ থাম্নবা অইনপাং কথা কয়দনা ঐন পানজবগা পোইননা থম্মোই অসিদা মপা অমা ওইন লেম্ভনা লাউডুনা থবলিবনি।

পাক্লবা কন্থী লমচাংও অসিদা অত্তুম্না অচ-অওক খেঙবসি হুডাইবগী মশাং অমত্তু লৈ। মসি ঐদ নত্তে। ইবোচেৎনী অম্নুকী ববক কৌবা অমত্ত মুদনা মীগী নও নচৌত যে মুনা মহাক্না হায়।

'শিবা পানদে। শিবা হায়বসি মী ওইবগীদি অরোইবনী। অরোইবত্তুগী মু অ-ৎংবা চনইথনি। শিবগী খোং খুং ডাম্নক তেকচগে ত-চগ অদুগা মোয়া অমা থংবগা ( চৌকি ওইরবত্ত থানি হা- ) অমা হেক থাম্গা মহদা কল্লগা অত্তুম অচং অওক মীওইবখিঙ্ বেঙভনা পুন্সি অসি লেনগে।"

( হা—' হা—' হা — ' )

নিংসু নোংক্লীংবা রানী। মীওইবনা কনামুক শিজনিদবা' শিনি লবানত্তে' মীওইবনা মীওইববু থাদোকচনি দবনী। কারনী দবনী। হিংমীন লৈ মতনি বনী মাহু। বম্মোই হিমজবগী রাবী।

কালিদাসি মমাংদা কংপম্ব ওাংঙ্গ কয়বম্ব মায়ই

থাজবগী রাজমদগী—' মৌজিক্তী মহাক অচং-অওব মেত — মেত্তহনা ভুমিং চুম্বগী মতম লেনবম্ব তোকখে। মহাক্নহন ইচা-শিংদা চৈরে—
"অরেম্বদা মতম মাংম্বব য়াদে।
অমুদ এৈন হায়—,
"চোব (এৈন—মাবু চোব কোই) ওগাক ওগাবম্ব মকোয়-থাবউ।
ফম্বীসি। হাঁয় পাসি"
"নোংমাইজিং মুমিং নংতম্ববদী মীংনা কুম্ব, মীকুপ অমা শ দ।"
মহাক্তা থুমই। অতগা পাওথুমসিদি, ইকমদা কাওবা থকহাঁ-মবোইদবা ম অৃনী। মংহুনী। মংনী। মহাক্ত হায়খি—,
"ফমনিবদি কনিবু হায়কনি।"
অম্বম্ব ডাইবংসি হেক হেক হোডই।
অহোংবা থাওদবা তাইবং",
মহুনি এৈন পাম্নদি।
এৈহাক্তবু অহুম, মতৌ অম্বম অহল ওইরক্ত নৈ থনখিবরা? থাজখিবরা? অদুগা ইনথংলকখিবা এৈগী চহি মতাংসী—, পুক্সিগী মংলান, পরেং লেডবন্থ মতৌ কয়ম মকম হৈজদ শকলোং মায়কোং নাইখেহনা মাংখিবা? কনাদম্ব? কনাদা হংপুরগদগে' ইশানম্ব কাঙবা শুমজদরে, কনদা অমুক হন্ডনুজবস্ত য়ারে থজে। ফডগদবা লৈত্রবা (রাহংগী) পাওথুম হডহনা লৈব, এৈহাক পামদব কুইদে।
এৈ মহাকী মরমদা কয়িওবা য়াংং অমম্বত্ত হডগদকোই।

কলিমাই মমাংদা লাইবক কংপস্ত থাংই কত্তবত্ত থাওই

হওনি.বদি থম্বোক্ত থাম্না লৈ —,
থাং.দি থাম্ন লৈ—,
থাংগী থাং ভাক্কী—,

১ ।। ঐ মহাকপু থম্মোইদা থাৱোখিবনা ?

২ ।। ঐহাকপু কায়নখিবগী মীংবু পীবু মতম কম্না কুইন শীখিবগে ?

৩ হৌজিকপু, ঐখোয় অচিকপা চি মাইহ্না উচেক কয়াগী খোঙেল তামীম ফত্তখিগদরা ? ফত্তখিগদরা ?

উচেক্কী মতম খুদী.গী ওইন থোঙলি, হুডখিংস্থু মতম খুদিংগী ওইনা অতম্বক শীংলী। মতম চুম্ন হ.মলী অদুগা লৈচিগস্ত, উনা অক্নবশিডনা কেম্বস্থ মতম চুম্নগী, মহৌশামাগী হৌখা কৈদগু খো.চং কায়নবা লৈতে তাইব.'সিদা। অত্তগা ওসিদী ( ওসি হাইবদি পুন্সিগী তাঙকম অসিবুনি ) ঐগী ইক্ষমদা মমল ইখেন-খেম্নবা॥ করিগীনো ? মসি মখোয়না নংলমদবতাই। মখোয়গী মমলদি মতম চুম্নগী ওইবা অ'রম্ম মমল ''অ'সর্নী'' হায়বা অমা ঐখোয় মীওইবন পীবা য়াহৈবা নত্তে। পীবা য়াহৈবা নত্তবে।

অডা. অপীশক্ক ওইহাঁবৈড ( লৈস্থ হেক মহেক্কপা, শেগায় শেগায়হ্না মশায়খোকপা, হৈম. হৈমুন কায়--ফাদে থ দনা হেক মক্কেকপা, হৈখো.দ খিক্ক্না হেক শংহল পুমহন মমাংহনবা, অ_গা হায়রিবা শিঙন্সিগী অনাবা মৈচাকশিডস্থ কবি অম বংদব মতমদুগী

মুঙ্‌শংকী মমলনা অমা হায়বত্ত ওইখিবনি। অদুগা অদুত্তম্বা ইন-থংমককিখিবা চহি মতাংদ থেজনখিবা (অশাংপা কৈবু উৎগা "তরাই তরাই হেকটেংবা নত্তে। মসিদি লুত্তখিবগী থুদোল ওইগদবনী।' অসুম খনহ্নন। য়েত্তবা নক্তনা হেক হেকতন থংতমখিদবা মতম, ইম্ম, তেমরা থুংপু গৌর পাইনমত্রগা, 'অমুনবা হৈনৌশিত্তহ্ হেমথ-থীকথবগী মক্ষং' অমুনবা গেনৌশিত্তসিনা চহি চুপ্প তেমরা মখোয় খুংপু অসিতবু ইথৌ লাক্তনা ডাইনমক্রী মাল্লে, চৈনচুপনজসঙ অসুম খনত্রনা হেকথ-থীকথবগী মহুং মখোয়গী ইথক গৌনখিবা মতম মুত্তশিবগী মনল, শৈঠালগী নমল, নখোয়হ্না পুনতোন তোজানবা মমল অমনি।

থংদে মহৌশা নংখিদরে। থম্মোয় অস অত্রম নৌথ, অত্রম নৌথ হুপা হায়বা মানশিন্না কবে ইশা ইতেংমতনত্র। তৌবগীদি অরাবগী চৈথেং, ফজনখল্লে ঐহাকসি ফজনত্তে যাম্ম ফন্নখবে।

অত্রক নৌন (নৌথমবা মতমনী) ইমীংকী নীংথেংনা, অদুগা হাথপন মমি শামিজদতা ভারখউ—ঐবু পোকপা অপাকপা ঈপানা লেখিদবা। ঈপা কায়নখি। কায়ন্নীজাইগী মরম হুবালৈ লৈতবনি নরমদী ঐগী মরুপ মপাংগী, অমত্তুগী মপাশিডনা মখোয়না মখোয়গী মংবায় মখোয়গী ঐহাককুম্বা মচাশিংবু অস্থক যৈচাক চেনবা নত্তোদা হত্নোকিনন্তনা শিনখিদে। পু-পাড হুদংগী লৈচাক্কী লুজাবি মচা ওইবগী চৈথেংদী কোমখোক্লকপগী মহুং চাওরক চাওমকপগা, হকচাংনা

ইনথং-ইনথংলগা, অপাম পুংশি মথক খংলক্লগা, অঙ্গম অঙ্গম হেনগংলকখি থম্মোইদা চৎখং—, তৌইমনখ্রে। পুক্নি 'সিদা ঐ। অঙ্গমক্লনা পী পীস্থগনবনী। থম্মোইদা শোনমনবনী। থৌনা থোক্কব হায়রন্ত্রি ওইবনী। অদুনা নোংচৌলেন কম্ন কম্ন শীংলকপদা চৈঙ্গাং চৈঙ্গাংশিংনা থা ভম পুঙমদনা চৈনমাইথক্লা থেনথরবদা উচেকশিংনা নতুম চোঙন-চৈশা শাডনবদা, উনাদা ভুম্বক ভুম্বকনবদা অহুংবা নো চৈঙ্গ হাইথর্বংবা মউ চাবো অচৌবা পামেলগী মতৌথাইরবা মসিগুম্বা ওসাঁগী তাওকম অসিগী মচংন পাঁথিবা মমকন অমনী।

অদুনা অপাকপা চী, নায়দা, পুডশিংন তপ্ন-তপ্ন কম্বদা, উচেক চিক্র চিক্র উচেক ওম্হাক ওম্হাক্লা মুডশিন থোডনবদা, মা ঐ নোং থাংন তপ্ন তপ্ন থাডনবত্নুনা চংশদী হক্লিক শকচম্মাই। পোংকি মকল ২ঙ্গ লনবগুম থোরগনী। হুজাক্তী মহুগী মতম নংখিদবে। নদো? নী শী শিবা অসিমক হানরবনী। কাওংনোকপা, নীংশীংবা থোক্কবা, মহুমক চপচাবন। মাদ্রি। চপ চাবা চংকদবা লীচং অহুমগী। ঐগী চপ চাবা ইত্রমচংতি মসিতনী। অদুবু হন্দক্তী উনবা তাই।

শাক্লনী। মহাক তপন তপন অক্লগা কনশিবসিদগী চৌগং কনি (অদুগা ঐন নোকখ্রা, নোকশোইখ্রা? ঐগী থোঙ্গেলসি কমদোগনী? নীকশপ তৌগদা?)।

ঐন হাইগনী—,

"ভাইবো।"

কৌতুখোংছুনী তুশিংগো খাওবান্ন কিজী শীক্ক পীরক্লা চংতবত্তম চংখিবনী ঐন ইবাল পুম্নমক ফাজনল্লা, ইথোং থোংগা থম্মোইনা ঙুত্তম বনবা শ্যাগল্লন মীং-কুপ্তুনা থেঙ্গনা লৈগৌখিবগী ”

মশি মত্তাই পুন্সি হাবৰৰ্।
শিদগী ঙেনবা কবি লৈশিং ? লৈতমংদ্রে খন্নী।

তৌবম্ক্রী ঐগী অচুম্ববাংবপু্ থান্ন চংও বা অবানবা ওইবগ —। পুম্নমকসি মনাইবক থীরবা মপুংফোইবত্লা শিখি দগনী। নংলম-তবগী লৌ উবদন ফল ভুভাইন পানক্তবংগদানী মচাক লাইনা কত্তবনা ওংথাম্না কু না নাখ ব। লোউ শি উদংদ বাদবনী নম নমদনা মউখবে, মত্থনম্ন বংগদবা মবাই শাইথ্ ত্র ঙেম্ন ঙেগ শোক-চন্নংখিবনী।

ঐহাক্কা লৈজবা শেন খবত্তং লাইংয়ংশেন ওহংক্ত হাবনা তে বং ও-না পীন খি। অত্তুবু মতৌ কবম পৗকগনী। এংওংব অমনা ডাহব সদগী মা খিবা হাবৰসি মমন হচা চাদবনী — অমুক হন্ন লাক্র-বোহ্দবনী মসি খনখদগী শোকচন্নবা মপুংঙ বদ্ লংইকম্নবা তেংবাংনী পুবনী, হু শিং-গ্র ওনগী মঙীগী মথাদা নংখদে অদবু মত্থ ওইবা যাখিদে। ঐগী অমবা থবক্রা মবাইবক থিবগা মহাকী মকমদগ থেক্তবগী মী নাক ওইকগনী শোইদন ওইকানি। ডাক্তব থৌন পুখংগগী পাও ভাম্ন। ঐহাক ডাক্তবদা কম কবাবক চংথমে অত্থবু কবন চ লুগনী, মবি মবমগী ? কবিগী ? অত্থনা ঐন থো গাজ্জগী

ওমলচুরুদুনা মুগুশিবগী রাখল নবেমনা থাংজিনবী। ঐন ভাংথিব-শিজনদি থবোইগী রানী চেনবা মাবা রা নত্তে, মতৌব্ ঘেউনী দুনা তৌকবনী। মসিদা নথক্তী রাবে। খল্লবগা মহাক হায় —,

“নে বাব মপাললে কনস্ কৈহে। মনমক্ মুভশি—।”

“কৈজে” ঐন থুমই “মনম মুভশি”

“অন্নবু হায়বা—”

‘ অন্ কদি তৌরবা— ?”

“অন্ বু টৈনিদি হায়নদে।’

সিদী কমদৌনী—’ মহাক থুমকম খন্দবদ্ ঐবোন্দ থোকখি। রাইহ অসি থুম যাবা নত্তে। অচুমগী রাকমদা চুমই হায়বা নত্তনা করিনো মথা তারক্লদবা ? ঐ তরাই - তরাই থুম ভরখিদ - অন্ শোনলন থুমখি—”

“নত্তেদনা—,’

“অন্নবু হায়বিব—। অমুক কক্তবা মনমত্ত মুভশিবা অসিকাওবা ‘লনি হায়নবীরকা মীওইবা মমক অসিদা ঐথোয়গী অসিদী করি ওক-দগে খল্লিবা—।’

( মসিদী থমোই শোকপা রাকংনি। মাঙি। )

ওপেক্তনমক খল্লখিবত্ৰ অপেংপ থোংচ নোংথানবী লাইরবা ইমুং মচুংগী নীংজোলশিজনা খক্তকম থোকপনি। ঐ মাই। চংনবা অসিনা অচৌ পীশকী মীংয়ে আকনবনা লমিন শানমিজ্জরিবা মশেন মখক্ত মাম কম কম য়েংনজ্জনা লৈরে।

"অহুম ভাগম্" ঐন খাম্নবা হায় "মপানা অহুম ভাংবা ঐশাক তানী দে"

"ভাগোই তৌবতু দায়বনি' তারকই ঐডোন্দা হৌকনকই" ইম্ফাল চংকনি হায়বনু কাদৌইড চংপ তারে ?"

"ঐ চংনিলাক্তু মুপনা থা অমী হুব তোংলোপ পিরকবিবা— চংলু কনৌনি।"

'চানী সিদী ?'

(নহাক তুমীন ইম্খবে।)

ইবাগ্রিগী সিদী —মুডমি মুডওন্দগী—ভনৈথ থেডম লাপথোকখরে। মসিদী পকচনা নবুরে। পা'বা ইপশবীনা অহান কমন খংহন উচ্চদ থাবন্দা তাংনা শকাপানবনু অহুম ডারীগী পনচেংক্কি রাম্নি শাবসিদী অনৌব চনী মচা গী মুডশিবা ইচৌ খুইনবগী মশকী। মুখানবী অনীগা কনিম্ন থেম্নদরে। মসি ফাবে। খুই অহুব নৈত কাইর নশম ওইখিবনা অপাংবা অমংবা ভুমনক মানংগা থম্মোইনু গী মুডশিবা অহুগা মচাই গীনবী মতমহুদা।

মুনিংতুগী মাগী রাডা চুদগী ঐন মনু অমুক হেন্না মশক খংব তৌখি। ঐন নাবু খাম্মাইদা চেংন কোনশন্দুনা, মদুগু অমুক খাদোক্ল-রোইদবা খুংকে নদুনা, থনভবনী। অদুগু ঐগী রাখন নোডম নোডম মতু শোম্বনকই। রাখন খনবসি মাম্ন ফংহ। মীওইববু মপাঙ্গল থোকহন্দে মানা।

"মীত্র— '

( কমানো ? চা থকপ চংসকইবানি, কাম্মা ক্কাগে হাবস্বিবনি -।)
"মানি।"

গৌজিক ঐহাক ফিন কুপশস্থ যাদে। চা গীসাস পীক থনবা অমা ইমা দা মচী লেংদনা থমুগা ক্কনলীবসি মযুম চাবনা ? ঐ ইশাগীদী চাই। 'রাথল খল্লিওঁ ই বন হানগুলা থকাহীদননী হাব্রবসিনি। অহুবু মসি চাদে ক্কয়ামক লুবা নীশক ওইজুনা কাম্লুগা রুশল ওইজুনা মা ক্লীবা ? অচা অথক্কী পোংশক ফওবা দেক কাও থোকপা মইথ থ'ম্রবা ? চীক মি নক্তন কাও অচা অথক বাওদে' ঐগীদী কবিস্থ নতু। চা কাওকম থো জু। ফ মস্র রবা স্থপাসিনা 'চাঙ্কবু' হাযনা হস্তনকপা থেক্রবদী ঐনা থুমগানসি কব্রিনো ? ইংথোকথয়ে বাব। ই লাদি আশক কোবা বাস্রা' অহুচগীদী শেন মাওদবা শোয়দন মানথগনী। খিও দা ঐ রাব।

কবিনো ক্কিরাল অমুবা পাইনমহ্না কোট স্যুট তোব (ওোদবস্থ মাওই) হুপা বয়াম রা তাদনা পথে শান চনরবসি—? ( মসি কৈ। চাগী মক থক্রুবগী মবম হস্তপক্রুরিডে ঐহাক, মসিবু কব্রিগীনো হুবদগী' রানী শাবা হৌনগে )
"বাবু—বু—"
"কব্রি ওইবনো ?"
"অসিবু—। ফিরাল অমুবা পায়রগা তুমীন তুমীন, তুমীন চনরিবসিবু কমহ ট্রাউক শল লাকপগে ? কদি দীপরবেস্টীনো ?"

'অঙব্—মসি দিপার্টমেন্ট অমগী নত্তে লোইনা পুম্নমক মনিপুরদা লৈরিবা ওফীস খুদিংমক্কী।"

"ওফিস পুম্নগী ( অদুদি লৈবাকসি পুমনেপ লেপ্পবা ) করি হাকনগী নো সিবো ?"

"শন ডাক্তরগা মীগী ডাক্তরগা কনথোন মান্দরিবসি মরম চাদে—, নাম্বরদু অদুদগী এম দি সি লিডর, মথং মথ ওফিস খুদিংগী ওকিসাবশিংনা থাক মায়নবগী হক্তোক অসিদা লোইন থাংওশিল্লখিনি—।"

'ও অচম্ব নত্রেন ! ওফিসর ডাক্তনি'ন ! '

"হোই।"

(মা চা হায়বনা'দ্রে, ঐ তাঙ্গৌদে চাসি পুনকই !)

'অদুদি কন লুরি !"

"উ, যাবগা অমা পুনক্তবনদী ফন লুদৌনি।"

মসিদী ফন চুম্ব হাকপী ( চাসি উত্তিইডদা ?হদোকহৌরগে অদগা অগা কেরগ ) যাম্নবা অমা পুবকপা কৈ। শন ডাক্তর চই চপ মানলা চই। শেন চপ নাম্ম চই তম্ব চবগী ক্লাস চপ নাইম। কদাইদনো খেনগদৌরিবা ! শানদি মরোল থোক্তে। সি মত্তাই। অদুবু খেতনীবা ডাক্তরদী মীগী মী ওক্কী। মসি চুনদে। অদুবু ঐ ইথা থাজদে মাম্নবা অমা পুরক্নী হায়বা। সরকারনা ওমখিগনি। চমা হেন্দুনা, চেকোন পায়হনা লাও থোক্তুনা থানা লোয়নবা সিপাইশিংগী তৈ চাদনা জেন্দা লৈদনা হায়রবা

ফাও য়াবিদা লৈতত্রবসিদা ইরেম লেংখ কোট-সুট তোদ্না তুমীন তুমীন চংনবসিনদি ওইবা য়াগনী। ওমখিদি। সরকারনা ওমখিদি। মসিদী তুরেলনবা মপাদা থওরবৌরিবী মপী অসম্ব য়া ভাংদবগুম্নে। শাওরগা য়া ভাংদবদ য়ায়া হাদিশতববা মতৌ নে। তৌবত্তদী মসি য়া খংব লৈবাক মচা তাবগী খুদম্নী।

"চা অমক"

হৰ্জও য়াখন খনবা কৌব্রিবা অসি খক কাওখাকপা য়াখ নত্তে শোয়দনা থকনী। বেবী অমা থক থক। মপা অসিমু বেব থকসম্না য়াই —

"বাবু বেবী তৌবীবগা ?

"হোং — তে ঠৈক "

" লিমত ,"

"ফনি—, খ দেদা তাদা, খবর্ক হায়দনা তৌশল্ল্ শিন্নশনা কোম্বং মতমসিদা তৌব্রিসি।"

"অহ্, ভা ঙনী বাবু।"

মশা অদুক নাংনবা, সরকারগী থবক তৌব্রিবা মীশক অসিদগী ক্ষত্রবা অত্রুক হৈংবিদবা পুন্সিগী হাৎত অসি তারবসিদা—মহাক মচা মপীশকতুগা ভাকবাক মচা পীশকতুগা হৈকেথেল কার-কুম্বা তৌরগা পুংজ লেল্লিবনিংকা। নোং তরগনা করংদোনো —? মশাক্তী চোংলবত্ত চোংলসবু থোরকবনী মতম্বাক্কগী মচাত্থগী মবাইবক্তুনি। কদায়দা চেৎপনগনী ? কদাইদা থুপকনি ? হৈকথেল শংমুদ্দতু নত্তে। তোক্রো

ঐশাক রাখস খনগাই। মাগী মরমদা রখল খক্ষোই। উনমদা চংখিবা পাল্লে। মহুনা হক্ষাং ওম্বক্তি থাস্তলগনি ঐ। মন রাখা খা খা হৈবা স্নপানী ঐ অহৃব্ মাগী মমনদা খল্ল খনুবগা থম্মোয়সি তিক্কে, ঐ মমাংদা কপকপাজে' অহ্নব্ উনদন চংশদি রাদে। ঐ মাগা পোয়দনা উনগনী। ন গী - লমজাও অসিদা ঐপা মাগা রাবী বাতাইনহনা চংশত্র বাগনবা টৈত ব হৌজিক। হৈলত্রে। কবি কাটৈ স্নপগী য়েন্তনরগা হয়বগীদনক্তী? চুম্মী, অহ্নব্ তপনগী খোং-কাপ অনী অহুমদংদি মীংনা উটনম্মনা চংমীমদবা রাদ্রে ওসিদী, স্নপনগী খোংথাং অম অনি অহুমমস্তহুদা রাইশ মতেক শিভসি থায়হৌগনি 'মনা অয়েক রাওনবরা নংবো?" মাগী থুবলকপা পাওথুম ঐশাক ডা য়োই —মহুগী মতম নক্তে অহ্নপা রাইংসিখত গা লোইননা খেন থবংহুগা মভা শী মতাপোংভুগা ( মাস্ত চাবা থাই ) পীরনগনী—,

' সে পৌশিল্ল।" সিদদি মহাক লোয়দনা পাওথুম নত্তবা রাহ অনদি হত্তলক্লনি।

' কখিনো?' ( সিদগী হেনজনী,দে। )

"শেগ্নী। অমহুনা মহাংগীনী"

মহাক্ত চংন চংন পোশিনংগনী, ঐন মখোং তেক্কপা মীনা চংপ ক্তমদনা মহুম য়েন্তওম তাম্র তাম্র য়েন্তহৌগনী। সি থক-তগীনি ঐন শেন্নহুনা খায়হুনা হোটেগ অসিদা ক্ষললিবসি। উনদন চংপ য়াদে।

লাইবক্ থাজদবা থজদবদি তরা ঐ খোক "লাই" হায়বা ফাও হায়বা হৈরমলোইদবা মানবা অচৌবা হাওবী ইনবা—কম্না কন্না খোঁতোবা পাডী খৌনমিবন্থ, লাইবক কংনজিবন্থনি। অদুগা চন্দন চবা তক তক থিনবা, খৈজোম খেংপা ভাবিত্ত খোনবা, উপ্ত খোনবা অংলন্থনা লাইবক কংপদুদি লাইরন্থনা হননা ফাওবা খেডলনদনা চংথিবন্থনি। থজবগী মাংমদা হৈতনা ওমবা মপৈ মপৈনি। সিফাই সবু ইমাংদগী হোত্রেলসিদগী মচাগী অচাপোৎ হৈন্দবগা ডা কৌত্তসি পংথবজনা অমুক হন্নজনা মমুমনা চংথিবা মাই। মাথিবনি। অদুগা ঐনা থজ্জকরিবসি মাংথিবন্থনা ঐগী মকপ খোবকপা ডাইন্থনা ফমশন্থনা অন্থনক মতৌ অন্থম মাথল থন্ন-থন্নন্থনা অমুক ফনলদ্রনা লাওবা। সিত্ত খোকনিডাই ওইদে। মথপন থাবকপা ওইবত্ত—অদু ওইরবদি ঐগী থাজবদি মাংলবোই। অদুবু তাইবডসি থাজকম অমা চবে হৈলতে। হৈলতে হায়রবদি থুদম মায়া হৈল।

"সোম তাদগু থিথ্ কৌবীবরা?"

(এ থজকবদি মাংপোইদৌবি!)

"কৌথৈ হোজ্জব—।"

"ঐখোম সাহেপনা পোংশি সি তাদাদা পিকচো তাকপিরক্ট। সংগেপতি ভচাক হৈলবক্কবা থাদবে, সাহেপ খোমকহ্রৌকাএবাদ দি ভাইবিবম্ তাকপিরকই।"

(ডা কৌতসিদ উবে, হৈনা খোমবসিদি কইনো?)

"চা ফানথিসি হোজ্জ। ফনবীর্।"

মহায়—, " মী চৈনবদা হন্দেজবা—, লিংজেল থোনা ওইরবা হায়না মীয়াম্না তাকপিবদা হিকতাকচরোইদবা ঐবু চানবীদুনা লৈবাকী শেবা তৌহনবীয়ু ।"

চবা শেনবী থোযাম থির থিরগা থেম-থেমদুনা অনোবা লাকপা করম্বা মীওইশিংদা চাম চাম খুংশিনদুনা রালোম মাচংপা— উবদা শেংলিবা ইনফিসিনা মচিন মেনদুনা ( ঐনদন্ড উমদদনা তৌরিবনি ।) হক নেংনিঙবা লমচং য়োনখোংগা লেনবাইবা—মখোয়শিংঙনদু মরু ওই ।

' লৈবাক অসি রাখে । মহ্ন করমনা য়োকনি ' মহ্ন লেনখোকী মতু ইনগনি । মীপুম খুদিং লেনখোক ফজনবা শিঙবা উমনবগী-দনক—, চহ'ম চদংনবদা ঈবৈবাক অসিগী হৈমা ইবেনশিঙগী ফিভম—, খুন্নিগী এও-মতৌ মতাম থোক লজনবা উম্নাবগীদমক—, ঐগাকপু কুংশিবীদুনা লৈবাকী সেব তৌহনবীয়ু ।"

মসিদি অচুম্বা রাম্রেপনি—কয়াম্না লৈবাকী সেবা তৌগদবা ? ঐন কদাইদা হায়রিবা ' ঐ পংই—খনথহৌদনা ফজবা রাইশ হায়বৈ মহায়রকবা । ঐ হুজিক কবি ওইবে ' কবি খুমখনি '

"হোজুর চা কয়া হাওশিজবরা ?"

"ঐদি থকচরে তাদা—, হাওই ।'

"ঐদি ফানবা য়াজবয়া খনজররে—, ভংখায়দ চনবসিদা—।"

"ঐ রাখল অমা খনয়রিবা । থকখি ন ।"

'করিদি রাখল ?"

ঐহাক খন্দবর্দী তুমদে।

( তমংবস্থ তোকপনা ফৈ।)

কমাদ খঙ্গরবা থাবল!! ফৈ কৈদোনি শকংনবা ফডঙ্গ-বদ্‌লদি। মতৌ অসি পুমন্‌না মহাক্কা ঙাইখি হায় ঐব্‌,

"চংখিবদগী লাক্কব, কম্নিব্‌ থনবা ?"

"য়াদথননী—ইমা কমশোংদ্‌না লৈরে।"

"খব কহৌববরা গৌঙ্কীক্কী ?"

লৈকাইগী ইনেম-ইচক্পা থনা চেংনবীনম্‌, থু-শিয়ঙ্গম্মগী তোংলোম্‌ লৌরগে লাক্‌পিবনি"

"লৌরবরা ? কডনবরা ? তোংলোম্‌ কডনবরা ?"

"হয়েঙ লেংয়ো হায়।"

"অদ্‌গা অয়ুক চংকদবা।"

"চংডবদী। ঐ চংগ তাই। করিত্ত 'পংদৈদে' ইমা কবি তৌরম্মী।"

"চুম্মী।"

মহাক তুমাংঙ্গ লৈখি। মসিদী পঙ্খাকপা হায়বত্থদি—। পাখং অমনা লৈপাবী অমদত্থ অয়ুক মচি য়াওহ্‌বা মুতশিনবগী নতমদা চানদবা হাইহৈশিঙসি ডাংল শামত্থনা হাইনকম থোকপগা? অদুবু মহাক ঐগাক্কী য়ুম্বানমিনবগা কদিহ্‌ থেম্বদমা অম্মম হারি হেক হেক শাই। অদ্‌ব্‌ অংক হকচনমম্মা লোইনখিবী মহাক থুংনৌ তমদ-মাক্কে ঐ মাগী। ওইখিদে মা। ঐগী ওইখিদে মা। অদ্‌ব্‌ ডমিদী

শৌজিক মহাক্না চংথোকলমদাইদা "অচাং শনা য়ানবীসি" হায়রবদ, হায়রমগবন্তু ফবনী। লৈতে থংলক্নী ঐ। ঐগী তুপীনয়, অদুম হেক মথক্লমগদ্রা? থলহন্নীংবগী য়ানি। থক্লমদবন্ন্ য়াই। থনগদবা মাল্লে। মহাক্নী ঐঙোন্দা য়াথল পংথন থন্দুনা মতম লোয়ক্লোই। চেংগী, - ফৌগী-,মচাগী-ম'গী কোক্ননোমদা কল্লিস্ত থনবা শংলক্লোই। মসি কায়দবনি। ঐ মা অমুক ওইরবোই। ঐগী ঐ ওইনা অদুম মথমল্লা লৈগে।

নোঙ ঙাল্লগা ঐন তোলোপ লৌরগা চংলমদাইগী মতমদা নীংকুং নীংকু তামশা পাল্লে—মচৈনমক্না ঐচোন্দা তমথোরকই। মহ্ ঐনা য়াম্না তুমিন্ন তাই কবিদি তৌরুগদি—অহল লমচা হায়ন-শিংবংবদা—ঐনা কবিনো পাঙগদবা? ইশানকন্ত মত্তিক চনা ফিতজবা ঙমজত্রিবা ঐহনা তুমীন তাবা নত্না কদি পাওখুন অমা ত্তাই উগুরনা শীতমথিদে। নীংশিংশি। মহাক্না থোনাফবী, তুপী-মচা হায়বহ্ ওইরহ্না মমাংদ তুমীন লখিদা ঐচোন্দা হায়—,

"কন্নিনো হাবাত্রা?"

"কদ্রি হায়নি—স্নপা অসি কন্নবন্ত নত্তে।"

"কৈনো হায়রীবহ্—ঐশাক থংদে—।"

"অহল লমল্লা হায়বীবীবা স্নপা অসি ফাওবা নত্তে

"ঐদি কৈন্ন থংদে, মত্তেন্ত থংদে—।"

"ঐ থংই। ঐথোয় পাথং মশোয়নী। শকমুম্ন থংনৈ। লমচ-

'খাখিবনা' হৈগা খঙৈদগা নাবল অমনা ঐদু মনাক্তা তম তম্বা চিঙনিক্সুনা পুই, মোক্কবি মাগী, মখুৎ থুক্কে কৈনপীনা চেংনা পাইরুই —,

"কমি তৌবে? য়েঙখংলকউ। থুং অসি হৎলা, কাওসে, সে, 'পায়রু।'"

অত্তুগা ঐন কিসনা তৈথোকপীখি।

অদুগা মনি—মাম থান ইখানক্তা নৈমতুনা মায় কনক পেম, ইক খীক্রহনা কপখরে। কপখরে। মুনীংতুগী চেংগী মমান ম্নবী মনমগী মনম নী শিঙবসিনম্ কয়ানা মথেক চেংনা ননলকলিবা।

"হোজুর যেম্রি কানসি মতি নিমগা সে পুননম্ মথাইনা—।"

"কমম্ ওইখনো?"

"মুমদা, খুন্দা ডাইনবগী নাবু হাপিনা—।"

"ডমাইথৈ তুমীন না লান ডাংবীদনা কৈবিনিশ্বদি ঐগী নাঙ্কনা খনবীরুরিবোইবে। হি—হি। চু্ম স্ম নাপি তৌজবা হায়হ্নী—। নোঙমা চেক চংলগা লোইবে। তৌবতম্—নদা ওইবগী পুন্সি তথায় অমদী য়াওনবে খজরুবগী নানী। চোঙমগা ফনব, চাবগা থকপগা তাদবু।"

"মুপামচা থোমাডনি হোজুর। ঐদী ইবুংঙোখোয়গী পুন্সি অসি ওথোকা মু শিজখবে। মাঙনী তুঙনিগী না নত্তে। কৈবাকী ডাক সোনবদা নওনা মুমথ-নবা কৈবাক য়েক্সবশি-না লান্দাখিমবগী ইবুংঙো-খোয়গী থুত্তনিদো। ইমা কৈবাকী তশেংবা মচা হায়বদু ইবুংঙোখোয়

নত্তনা কনা ওইনি। অ'ত ওফিসার সাহেবতগী পিওন ফাওবা ওইদনা লেপ্পা থ্নমজাবা ডাক্তনি —। 'লৈবাক্তী, মীয়ামগী লেন মাংহনবা ডাক্তর নিকা ন নোংমৈ নতুনা পাওঙল থোকচবা নত্তনা লৈবাক্তী লেন চাবা লৈতে।'

"সোই—লোহাক্কমগদি মরৈতত্রে।"

"খোইদোক্কা চাওথোকপীফম থোকতা।"

"থম্মোয়দি মাতই তাদা চত্নহনবা, য়াকং য়া—নোমজ হায়জ চংচ কয়া লৈতে। লমদব্ থম লশিল্ল। হি—হি—হি।"

"হা—হা—। লংবা নত্তেদা হোজুন পুকচেল তিত্তবনি।"

"হোই অত্তন হায়রিসয়া? অত্ন তাদা সহেবতা কত্রি কত্রি হায়জৌ হায়রবগে?"

"ডাইজ্জনগে তাকপীয়ু হোজুর।"

"অত্তদী ঐ অমুক চংচরুখিগে।"

ফ ন—।'

চেন য়োমলিবসিনা কত্রি ওইবিবা? ঐ' মসিমদি কত্রিগী? মসি ঐগী ওইরমোই। ঐহাক্তী মু-মহায় কাব থক্তবা ঐগী মরম থংলিবনি। মহাক্তী মসি থক্তবা য়াদে' মসি মঘুমদা থক্তবা ওইবতাক ওইত্ন ওইগনি। নত্রেবদী মসিগী কাম্নবা লৈগনি ঐত্তোঙ্গা?

ঐগী মরুপ মু অসি থবপনি খোংহী থকপা মান্নীবনি। হাওন-হাওন থকই অত্নগা ময়ায় কাযত্রবদী হায়াওত্রবা য়াগী কয়া কয়া

শারঙ্গনা মতম লেপ্পী। ঐনা ইথক হেক থকপা কৌবা খৈজনা মহাক চপ চাঙমন্নবা অহুমনমক পেঙ্খোকপ নি।

ফুঙশিনবা হাৎবসিদী -ফিজেত্ত লৈতে, মায়থোংদা লৈতে। অঙ্গগা চীঙাক্তা লৈতে অহুমক থুংশিনি। ঐন ঐগী মকপ গ্র শি-চিঙ্গাক তিঙ্কবৎরু। মাগী মুপীন্থ মহাক্তন থংখোন্ন চট্টী ভুপিনি। ঐগী চা লৈনি শজোম শৈনি, কা তপকনি—। অকায়বা কৱিস্থ লৈতে। থুংশি—।

ঐন যুংথকপা তোকপদা—শঙ্গানবদা মহাক মথংদা অত্তকপন কনখি —,

"নহাক মযায় কাবসি থক্তত্রে হায়বা"

"থক্তরে মরুপ।" ঐন পাওখুম পীখি মায়থাং অসিনা ওঙ্খোক্লা মাইথুমজরঙ্গনা "তোক্লো।"

"কৈদৌঙদগী ?"

"কুইরে। থা মুক ফারে।"

"কদোম্ববা—?"

"কৈস্থ তৌদে—"

"হকচাং নাম্বকপ যাই!"

"তৌদে। মরুপ, ঐগী সনামচা শিখ্র।"

"সনামচা শিরে !?"

"শিথরে।"

"শিরবা। মন্থদী হুইনবে মীদ মীনী। ঐন লাক লাক্তবসি ফন কুইরবোই।"

"মরাক শিখিবদগী ঐহাক মসি তেনবনী। ঐ মামা মু তাইহৌরে। ওহাক্না মীয়ুংশি খদবা তাথরে মীয়োল থোক্নবা' হুগী মফমদা। মহাক মরুপ, ফম কুইনা নাক্তনবি ঐনা মমাং কাবসিদা থকপদা, তাওবদা নহাকপু হন্না কৌদা য়েঙখিবিদে, য়েঙবদি লাহরি—কৌহুন্না শাথরু ফাও শঙখিদ্র, নোঙ তানবগী থকত অদোং হোক্লকই, মহাক থোঙবা মখোল থোক্লেনফাও তাবীবা শঙখিদে।"

তপ বরক ঐহাক নোংইনা। ঐগী মুপীনা মহাকপু হুইনি চায়বদগী হেন্ন থক মচাঙন খনবীদে। খনবীবদি অমাইথোক ইমুংদা চবগীদমক চৈন কনবীবনী কুবীবনি, মুমফিংনমু মাই শীংফমদা কুপ্পবগীদমক তেক কননবীবনি। মসি ঐহাক খংলিবদি। ঐদি নত্তে, মহাক নীংলাঙ থোকচত্রবমু কমাদা মুন্ন খাঙংদা অদুগা ঐগী মুপী শিলরবদী মহাক্না ঐগী নাক্ত হেক্ত-ওইরন চেপতুনা অমুক লোঙহুনা কুত্ত শাঙবহ্ পান্ন পান্ন চেংকহুনা ইনাক্তগী মতু ইপোন পোল্লহনা থোকখিবনি অদুগা শকননা হেক মকুপ্পবনি—ঐ পেনহৌত্রে।

মহাক্না ঐগী মরুপ শুঙশিবশিংবু মদক খংই। ঐগী ইচা-শিংগা মুন থংনবগী অডা শিংগা খংন-চৈন-তানবম্ন মহাক্না মমৈ চায়রহুনা মবক থংলি চিকপা শৈলতে। অডা, কনাগুম চিকপা শৈলতে, অদুনা অডাংশিঙনা নহাকপু তোঙজন্নুম শাম্নবী—মাংগা মহাক্না মক্কেবান্নু তেকথোকই কুপ্পন হেক মহৈ। মুমফংনবশিংনা অরেম চারোমাও কোই, মমিং কৌহুনা, অদুবু মহাক্নী কুপ্পিরহুনগী

